# ঐগী ইমাদি



অইবা :-

শরত
শনাম




অকোংবা :
শলাম মঙ্গী সিংহ

সত্র খুদিংমক অইবগীনি

অহানবা খুৎলম

কপি মশিং :— ১০০০

তাং ৬ | ১১ | ৯৭ হৈং

মমল লু: ৩০/—

নম্ফম : ময়া প্রেস ব্রাংজিং বজার

# কচ্চবা

হে লাইওইগ্রবা পম্বৌ ও ,

পম্বৌগী পোকপিমল করিনা শিংগনি ,

কপ্পা নোকপা কাইনবা থুংনবা; মরক অসিদা

ঐগীদি অবাবদনা ইশরুক ওইরবা

মিৎকুপ অমম্তা ফাওবা কংব্রবা মিৎকী পী ,

কাইরবা থম্মোয়গী তে'থ'খোল লাইরবশিংগী বাকৎ,

তাবীনবা লৈত্রবা ভসিগী তাইবংসিদা ।

নচানা ঈশৈ , ড্রমা ,

বারি, শৈরেং, কচ্চরি পম্বৌ ও ।



# অইবগী ৱাহৈ খরাদং

পিক্লিবা অঙাংনা অফং অফংবা মচিন্দা উমশিনবগুম নহা ওইরিবা ঐনা মহৌশা পকৃতি খুৎশেমগী হৈকোল লৈকোলবু ইতম্প্যাক্তা পমহুনা A.I.R. গী ঈশৈ, ড্রামা ইবনা পেন্দ্রহুনা লাইরিক কয়া অমা ইহুনা ফোংদোকখ্রি। অচুম অরাল কয়া খল্লোকপা হৈরবা অপাবা অপাবিশিংনা লাইরিক অসিদা অসোই অণাম য়াওরবস্থ অপংবা অইনি খন্দুনা ঙাকপীয়ুকো।

অইবা :—
সরত সালাম

# ইচেগী তোম্বা

## ( অচানবা শরুক )

❀ মতম :— নুমীদাং পুং ৮.৫০ য়োমগী মতম,

কীভম :— শম্মা য়াম্মা কম্মা নাবা (মমা),

তোম্বা :— চহি মঙাগী অঙাংনা মমাদা, পুক্নিং নুংশিনা শম্মাগী অমাবনীদমক লৈকাইগী মী অহিং লেকপা লাক্লম্মী।

---

তোম্বা : ইমা, ইমা, মী য়াম্মা লাকএ! হৌগৎলো, মংমা ঙহান্দগী অসুম তুমদুনা সুম লৈরিবা করিগীনো ইমা • হৌগৎলো ইমা,

শম্মা : (মীরবা খোঞ্জেলনা) ইমাগী তোম্বা মনিতোম্বা! ইমা হৌ-গৎলগেনে ইমা করিস্নু তৌদেনে ।

তোম্বা : করিস্নু তৌদে হায়রগা অদুম তুমলিবা ।

শম্মা : (কম্না) ইমাগী ইবুংঙো, ইমা করিস্নু তৌদেনে, ইমা হৌগৎ-লকলগেনে ।

তোম্বা : (হিক্না কপলগা) ইমা কপকনু, ইমানা কপলবদি ঐস্নু কপনিংলকইনে ইমা ।

শম্মা : ( মচাগী বা তারগা খোঞ্জেল থোক্না কপলকপা ) ।

তোম্বা : ইচে; ঐখোয়গী ইমা কপলে ।

মনি : ইমা করি তৌরবগে ( খোঞ্জেল নিক্না হংবা ) ?

শম্বা : ইমাগী মনি ইমা কুৎকিত্থু তৌদেরে

মনি : ইমা চাক লোইরে চথোদ অমক্তং চাবা য়াবরা য়েঙ্বা ইমা ?

শম্বা : ( খোঙ্গেল পিক্না ) ইমা চাক অমক্ত অমত্তা কাওবা চানিংদে নচিন নৌপা্ চামিন্নরো ইমাদি ঐশিং থজিক্তং য়োংকে।

মনি : 'সে ইমা কম্যনা থরা থয়া ইরক্কে ।

শম্বা : ( ঐশিং থকপা, য়াম্না বাম্না )

তোম্বা : ইচে, কোদ অচৌম্মসিদ্রা পীরক্উ। ইমা, হৌগৎলগা ঐশিং থকউ ইমা ।

শম্বা : ( তক্কে হায়না মতক হাইরকপা )

তোম্বা : ইমা চাক চারুবসি লাকও ( খুদাং পায়ত্নুনা মমাবু তিংথৎপা ) ।

শম্বা : ইমাগী তোম্বা ইমা চাক চানিংত্রে, নংগা নচেপা চামিন্নরো ইমাগী তোম্বা ;

তোম্বা : চাকতি ওকপা চাদনা ওক্লবা, ঐস্থু ইমানা চাব্রবসি চাররোই ।

মনি : ইচেগী তোম্বা ইচেগা চারুবসি লাকও।

তোম্বা : অদি ওসিদি ইমাগা চামীয়গনি, ইমাগা চাক চামীয়দনা কুইরে ওসিদি ইমাগা চামিয়গনি ।

মনি : ইমাদি চাক ওকলেএ চানিংত্রেরে ।

তোম্বা : এ ! ইমাদি মহাক্দগী চাও চাদনা কদায়দগী ওক্লিবা ।

মনি : ( লোয়া কক্সা ) ।

## ইচেগী তোম্বা

শম্মা : ( মচিন নৌপা অনিগী মতৌ য়েংলগা হিক্রা হিক্রা কপ্পা )

শম্মা : ( মথন্তা শোক্লবা ) পিক্লবা ইচা অনিসিবু কয়গা পাপকী তাইবংশিদা থমলম্লগা ঐনা কয়ম্বা ময়াগী শংসার অসি লাম-গনি ঙসিগী তাইবং অসিদি তোম্বা তারবশিংগীদি লৈকম নত্রে । অহুবু ঐনা ইচা অনিসিবু কয়ম্বা ময়াগী কন্বীদা থমলমগনি । মশী মপা য়াওত্রবা চেক্লা মচাবু কনানা মচিঙ্গাক ইনবীগনি ।

মনি : ইমা । নং য়াম্না বারবরা ?

শম্মা : ইমা করি অমত্তা য়াদে, ইমা কয়িন্নু তৌদেনে । ইমা ঙম লৈগে, নচিন নৌপা চাক চামিন্নরক্লো ইমাগী মনি ।

তোম্বা: ইমা ঐথোয়গী ববাদি কদায়দা চৎথিবগে নোংমতম্থু শুকউ উদে, ঐথোয়গী ববা লৈতবরো ইমা? মীগীদি ববা লৈ ।

মনি : ইচেগী তোম্বা, ঐথোয়গীম্থু ববা লৈনে ( কপলগা ) ।

তোম্বা: ঐথোয়গী ববা লৈ হায়না অহুম হাই, অহুগা নোংমতম্থু য়ুমদা লাক্কবা ! অহুদি ঐথোয়গী ববাসে ঐথোয়বু হুংশি-বীদমাক্লেকো ইমা ?

শম্মা : ( মখুৎ অমমা হাইগৎতূনা মচাগী মপি তৈথোকপীবা )

মনি : ( য়াম্না নিঙমদনা কপ্পা ) (লোয়নবা ঙাইহাক ভুমীম্না শরক শিবা ) । (অহিং নোংয়াইগী মতম লোয়ননা কৌজেং হায়রৌ খোংবগী মখোল অমম্থুং পী থাদোই খোংলকপা ) ।

তোম্বা : ইচে ঐখোয়গী মাঙ্গোলদা মৈ অচৌবা অঙানবা অমা য়াল্লগা মী ময়াম্মা লৈরিবা অসি করিগীনে ?

মনি : ইচেগী তোম্বা ঐখোয়বু নুংশিবীহুনা ঐখোয়বু শঙবীরিবনিনে মখোয়না ।

তোম্বা : এ ! মহাক্নমখৈদি অমতা লাক্তনা, ঙসিনা করিগী ? ঐখোয়দি কিস্রু কিদনা ।

মনি : হোয়নে হোয়নে অদো তুমলসি লাকও ।

তোম্বা : ঐদি ইমাগা তুমলুগনি তল্লি, ইমা ইমা, ঐ মংগা তুমগেকো ইমা ?

শম্মা : হোয় হোয় তুমলোসে; ইবেম্মা মনি নংস্রু থেংলে তুমলোদনা ইমাগী ইবেম্মা ।

মনি : ইমা ঐদি থোইনবু তুমনিংদেদা ইমা নংস্রু তুমলো ।
( ভাইহাক শরক শিব মরাম লোইনা তুমখিবা ) ।

শম্মা : ( মংদা জোমগী নিংথোগা রারি শায়বা )

জোম : শম্মা নহাক হৌজিক কাওবা শেম শান্দ্রে, লাকও চৎলশি মংগী মতম লোইরে, হন্দকী মপোক অসিমগী নংগীপুন্সি, তাইবং পুন্সি লোইরে ।

শম্মা : ঐহাক চৎপা ঙমলোই । পিল্লিবা ইচা অনিসিবু ঐনা করয়া থাদোকনি । খোমলাংগী কিজং থল্লীবী ইচা অনিবু কনানা খোমলাং হুনবীগনি ?

জোম : শম্মা ঙসিদি নংগী তাইবং মপোক লোইরবনি, নংগী নপুরোইববু কাওরবরা ? নংবু ঙাইদুনা লৈহৌরিনে। লাঙ চৎলসি ঐগী মাং থাদুনা চৎলো লাও।

শম্মা : ঙাইথো মহারাজ ঐগী পীকলিবা ইপারি ইমোগ অনিগা পুকমেন পাওমেন্নরমখিগে।

জোম : অদুগী মতম লৈত্রবনি।

শম্মা : (কপলগা) ইমাগী ইপারি অনি ইম চৎলে ইমাবু লৌবা লাক্লে

(মেন থোংলকপা নোঙাল্লদাইগী, লোয়নবা উচেক রায়াগী খোঞ্জেল)

মনি : (মথন্তা শোঞ্জবা শ, নোং ঙাল্লগ্লেদনা ঐদি তুমথোকল্লরেদনা (মমাগী মশা পাইদুনা হৌদোকপা) ইমা, ইমা নোংঙাংলে ইমা (মমানা থুমলক্কবা অদুদা পাথৎনা মমাবু কল্লা কল্লা কৌদুনা কপলকপা)।

শম্মা : (শিবা)

মনি : ইমা ইমা ই ......ম ......া (কপলকপা) ইমা কৈনোমা তৌগ্রে, ইমা করি মতৌনো ইমা !

তোম্বা : ইমা, ইমা, ইচে ঐখোয়গী ইমা করি তৌরবগে ?

মনি : (কপ্লগা) ইচেগী তোম্বা ঐখোয়গী ইমা চৎখ্রেনে ইচিল ইপাবু থাদোক্লুনা মুঙাইবা শংসারদুদা চৎখ্রেনে (হিক্লু হিক্লা কপ্লগা) ইমা, ইমা, ইচিল ইপরাবু কনাদা সিন্নরগে ইমা

ঙসগী তাইবংসিদা লাইরবসিংগী দি কৈযম কৈতেনে ইমা করম্না হিংঙ্ হায়বনো ? ইমা, মিকুপসিদা লোইরেনে নচাগী পুন্স।

তোম্বা : (কপ্লগা) ইমা; ইমা, নংনা সুমাংদা তুমফিবা করিগীনো ইমা ? লাও ইতুংদা তুমলুলাও ইমা। ইচে ঐখোয়গী ইমানা সিদা তুমলির্বসিবু করিগীনো ? ইচে ?

মনি : ইচেগী ইবুংঙো তোম্বা ঐখোয়গী ইমাদি ঐখোয়বু থাদোক্তুনা চংখ্রবনি চংখ্রবা ( হিক্লা হিক্লা কপ্পা )

তোম্বা : ঐখোয়গী ইমাদি কদায়দস্ম চত্তুনা তু সিদা লৈরিসিদি।

মনি : ইচেগী ইবুংঙো ইচে হায়ক্ষম খংদ্রেনে! ইমা নংবু করি মতৌনো ইমা ?

তোম্বা : ইচে ঐখোয়গী ইমা কি অঙৌবনা কুপ্লগা অা — থোম্বালদা পুখ্রে (কপ্লগা) ঐখোয়গী ইমা কদাইদনো পুরিবা ? ঐগী ইমা পুখিনু, (মীগী ফিজি য়ানবা, অসিবা-পুরিবা মীগী)

মনি : ইচেগী ইবুংঙো তোম্বা (হিক্লা হিক্লা কপ্পা)

## অনিশুবা শরুক

(তোম্বাগা শরিতাগা শান্নবা)

শরিতা : তোম্বা, উ কাবী শান্নশি,

তোম্বা : তল্লি ঐদি উ কাবা হৈতে।

শরিতা : মুপাববু উ কাবা হৈতেনে ! তু ঐ কাগেকো, ( উ মশাদা

তোংলগা ) "নোম নোম সগাই নোম চানবা লৈত্তে ভাখেন্দাং ' লাও য়াম্না মুংভাইয়ে শান্নশি।

তোম্বা : ভল্লি ঐখোয় ইচেনা চৈনি।

শরিতা : চৈম্নোইহে ! লাও নখোয়গী ইচেদি আদা চংখিবত্নদি ।

তোম্বা : অদো হৌরেল হল্লক্লগা ভাংগনিযে ।

শরিতা : অদুদি ঐস্তু কুমথরক্লগনি ।

তোম্বা : অদুগী শরুক শীঙ খিশি, হৌরেল ইচে লাক্লগা হরাও-নবা নংস্তু খিয়ো, নখোয়গী ইমানা হরাওনবা।

শরিতা : ঐখোইগীদি শীঙ ময়াম্মা লৈয়ে ; ঐস্তু নঙ্গী থীবীগে তোম্বা, ঐ ব্র অমা হায়গে, নঙ য়াগদ্রা ?

তোম্বা : কৃরি রানো হায়ুনে ;

শরিতা : শীঙ থীবী লোইরগা লাইথিকাক পোংয়োনবীকাক শান্নসি ।

তোম্বা : হোয় শান্নসি ( ভাইহাক মীউজিক পীবা )

শরিতা : সে সে সেবোতি লাইশ্রম মচা সেবোতি নংগা ঐগা কাওনসি কনানা ভমগে য়েংনসি হৈত্রোইগী মাখোভদা হৈত্রোয়ই তঙ্খায় তাহৌবনি খুনবা হানবা তান্নসি শ্বা-

শরিতা : ঐনা হাল্লে ;

তোম্বা : ঐনা হাল্লি !

শরিতা : ঐনা য়ৌবা হাল্লিসিদি ;

তোম্বা : ঐনা হান্না খুল্লিসিদি

শরিতা : ঐনা খুনগে তোৱদা নংনা তাপ লাওনা খুমথিবা নত্রা ?

তোম্বা : অদুদি হন্দকমুক্কা য়েংনসিনে !

শরিতা : য়েংননি য়েংনবনি হন্দমুকতি ঐনা হাম্না খুনবগে য়েংঙুনে অদুবুদি ।

তোম্বা : নংনা হানব্রা ঐনা য়েনব্রা য়েংনসি । অদুগনে শরিতা অহানবা মীতুদা লাইখি অমা পানসিকে ?

শরিতা : পীনাসি পীনাসি ঐনা লৌনগানদা (নোকনিংনা

তোম্বা : অদুদি অহানবনা লৌনসিনে ।

শরিতা : অদুদি হৌরসি ।

তোম্বা : সে, সে, সেবোত্তি লাইশ্রম মচা সেবোত্তি নংগা ঐগা কাওনসি কনানা ঙমগে য়েংনশি হৈত্রোইগী মখোংদা হৈত্রোই তাহৌবনি খুনবা হানবা তানাসি শরা (নোক-মিন্নবা )

তোম্বা : ঐনা হাল্লে হৌজিকতি ঐনা লাইখি অমা লৌবা তারেদনা ।

শরিতা : লাইখিদুদি লৌজোনে অদো তোম্বা পোংয়োনবাক্তক শানসি, ঐ পোংয়োনবী শাগে নংনা লৈবা শাঙকো ।

তোম্বা : হোই শান্নাসি ঐ পোং লৈবা লাক্লাগে

শরিতা : হোই লাকও ।

তোম্বা : হোই, পৈশাদি করিনা ওক্লনসিগে ।

শরিতা : হৈনৌ মনানা ওইনসি পৈশাদি !

তোম্বা : হোই অহুদি, হেক্লাগে। ই ! হেনৌ পাৰ্ৱীসিদি ওন-
খোক্লা ৱাংথ্রেদা ।

শৰিতা : (মথন্তা) সিসিমা কেরোশিন ওইরগে সিসিনা অচাখাও
ওইরগে। সিনা অমু সিনা হৱাই ওইরগে সিনা তারি
সিনা বেশোনকাক ৱামকাক ওইরগে সিনা চেং ওইর-
গে। অহুদগী অচাপোৎকা করি করি পংওইদা ওইরগে
সে, তোম্বা নং পোৎ লৈবা লাকও নংগী য়ুম অহুদা
ওইরো ঐগীদি সিদা ওইরগে ।

তোম্বা : অহুদি ঐ পোৎ লৈবা লাক্লাবনি ।

শরিতা : হোই লাকও ।

তোম্বা : লুপা অমাগী ওরি পিয়ু অহুগা অমু সের অমা লৌজগে
হৱাই মুকক্তো লুপা অমতাগী লৌজগে ।

শরিতা : করিনো চানা থক্লাবনেনা তোরিবা পোৎশিংসিনা লোই
নমক তাংথ্রেবা তুকান কম্বাকাক অমক্তা ওমলোইদোরি
ওনখোক্লা ৱাথ্রেদা জুক অসে ।

তোম্বা : চেংদো কিলো অনিদগা লৌগে মমলনা কয়ানো ইনে।

শরিতা : ওনখোক্লা হাওথ্রাবা চেংনি অ মখোয়গী ফৌরেল মোই-
ৱাংকৌ হায়বরা অহুনি মমন্দি লুপা মতাতনি লৌ লৌ
শের কৌভাদা লৌগেরা ঙুংগী শেরথা লৌগেরা নংনা
লৌনিংবদা লৌ মমল অহোংবা চেংগু লৈ ।

তোম্বা : হায়ররোই ইচে, অদো মীশীদি মমা মপা লোইনা লৈ, ঐখোইশীদি ইমাসু লৈতে মবাসু লৈতে করীগীনো ইচে ?

মনি : ( কপ্লগা ) ইচেগী তোম্বা, ঐখোয়সে নমজা শারা হায়রম্বু-ন্নিবে ইচু ?

তোম্বা : মী ওসাই শরিতাগী মমা মপানা হায়রিবা ঐখোয়গী ইমা মবা লোইনা শিথরে হায়রিবা ঐতোম্দা ।

মনি : মখোয়না মংবু ম্ংশিংদুনা হায়জিল্লীবনি ।

তোম্বা : ইচে, ভাইজ ঐনা পীক্লিতৈদা ঐখোয়গী ইমাদো মী মরামা পুরগা শুম-খোংগালদা চংখিবদো ইচে অদুবু কদায় চংখি-বনো ? হা ইচে ? ? !

মনি : ( মথম্বা শোঞ্জবা ) কম্রি মতৌনো, করমনা খুনগনি !

তোম্বা : খুদো ইচে ।

মনি : ইচু: ঐখোয়গী চানা থক্লবা লোবা চংখিবনি ইচেগী তোম্বা ।

তোম্বা : মীগীদি ওশাই চংগ্রগা হোৌজিক অদুম লাকই ।

মনি : ( খুফম থংব্রদুনা চৈরকপা ) তোম্বা নং ওসি ফুমকনি ফুন্দিয়া লৈরকো ।

তোম্বা : ( কুং তুং কপা ) ।

মনি : ( সোঞ্জবা ) করমনা থাওগনি থখোই, করমনা চিংগনি পুন্সি, অদুতৌ লোইরাংগী মাঙিদা থয়ূমা তোপ্পা থম্মাবু করয়া চাওনবা ( হিক্রা কপা ) ঐঙোন্না মখোয়দু মাঙিবা ম্যাংলন ? খুদোয়াগীবা মপুলোইবগী মতুং ইনগ্রবদা হাওবা

মচিন যৌপ, মা করম্না খাংলমগনি অহুগী পুন্সিদো সিম্না ?
অহুবু অহুগী পাকলচদি ঐগোন্দা পীরে ( ফিক্রা কম্না )

তোম্বা : ঐদি কপতেনা, ইচে মংন্দ্র কপকন্নুকো ইচে ?
ঐদি কম্নানবতেনে মংবু ন্ংশিন্থবা ভোবনি ।

মনি : ইচেগী ইবুঙো সে চাম্বা য়াল্লবো ল্যারক্ত স্কুল চৎপা খেওলনি ।

তোম্বা : হোয় অদো ঐখোয়গী ভজানা ঐগী লাইরিক ভদ্রিবসে স্নবা লৈরকউ হায়রে ।

মনি : হোয় ইচে লৈগে ভসিন্নীদি চৎলুরো, হোয়েল ইচেনা কৈথেল্দগী লৈরকে ।

তোম্বা : কি-মোলম্ন মলে হায় অহনবা অমা শিল্লকউ হায় অহুগা ফুক্কিং লজোবা খোংগ্রাও অশুংবা ভাই অমুবা ওইনা শেং-লকউ হায়, হয়েংকাওবগী মমুংদা সেংলক্লবদি স্কুল কায়কম্ব হায় । অহুন ওজানা চৈদনবা ইচে অহনবা লৈবীরুকো কো ইচে ?

মনি : করিগী লৈদনি ইপ্‌াগীবু ইচেনা লৈবীদদিকো কক কজবা, অহুগনে তোম্বা স্কুল চৎপদা লম্বীগী চিদাইদা চৎলুকো ? হয়া গাড়িনা খেংগনি, নমান্নবা নমান্নবীশিংগী খৎমগন কো ইচেগী ইবুঙো ।

তোম্বা : হোই ইচে, অহুবু খৎল্লরোই খলবনি হেক্কা য়ামে ভাইং-সু মখোয়না হেক্কা হোয়কইবে ।

মনি : মখোয়না হোয়ম্নবমু মংনা হুমিম্না লৈখোকদবনি ইবুংঙো ।

তোম্বা : ঐখা ভুমিয়া লৈবগা মখোয়মা হৌরকঈদি, ঐদি য়াবগা পাওনিঙই।

মনি : পাওকন ইপ্রুদি পাওদবা অম্মু তুম্বীয়া লৈখোকই মখোয়না মরাইনা তোকচখিনি, লাকওসে খোঙ থুং হাম্বী-রগে ( ভাইহাক মৌক্তিক ) কয়েংদি অহনবা লৈবগদোবনি সে, সে, খোংগ্রাও ফুরিং সেংচিখ্রগে লৈখাদি লৈরিবয়া ?

তোম্বা : হোই লৈরি।

মনি : ইনবা মুক্তি ? !

তোম্বা : লৈরি ।

মনি : লাইরিকথাওদি কদাই; সে, সে, সিদা লৈরে ।

তোম্বা : ইচেখীদি লোইনা প্রাইবেং তৌনৈ ঐস্থু অমগেবা ইচে ?

মনি : নংবু প্রাইভেং অমমিংগ্রানে ?

তোম্বা : হোয় ঐদি-য়ামনা অমনিংই।

মনি : কয়িগী মখোয়না অমলগা ইপ্রান্থ কয়িগী অমদনি ইচে-লৈরিবসিদি। চৎলো চৎলো পুং তারমলগনি; ( চৎখিবা )।

মনি : ( মথন্তা শোঙবা ) অভাং য়োকপা হাইবসে ওহোঙ্গা বাপ্রাবাজাংবনি। মখা মপাশিংনা বাখিবসে ( খরাই মরুতাই-ভনা ) অহুব ঐগীদি কনানা।

# মরিশুবা শরুক

( তুলসী.কাঙ্গা অঙাং ময়াম লাক্লবা )

তোম্বা : ( লাইরিক পারবগী থাহখিবা চাক্লাই হৌরকুনা )

শরিতা : ( পাখংবা ) তোম্বা, তোম্বা, করি তৌরে (খুমক্তবহুদা)
ওজা ! তোম্বা করিনোবা তৌরে !!!

বিরেন : ( পাখংনা ) হা ! তোম্বা করি তৌরবা ?

শরিতা : থংদে লাইরিক শুম পারবগীনি !!

বিরেন : তোম্বা, তোম্বা, নংবু কৈদৌরগে ? মশাকাক্নসে হুমাং
য়াম্না কারেগে তোম্বা নংবু করি তৌরবগে হায়রু তোম্বা ?

তোম্বা : ( য়াম্না থাম্না ) করিস্তু তৌদে ওজা ।

বিরেন : করিস্তু তৌরগা নশা অদো য়াম্না কেকথরে হুমাংনা নশা
অদো চোংলিবহুদি ?

শরিতা : ওজা, মাদি ওরাং চাক চারক্তে হাইবনি হৌজিকস্তু
চারক্তে হায়বনি ওজা ।

বিরেন : করিগী, তোম্বা নংনা চাক চারক্ত্রিবদি নশাদো চাকলাই
হৌরেনে ।

তোম্বা : ( খোঙেল নীক্না ) করিস্তু তৌদে ওজা ।

বিরেন : ( মথক্তা [illegible] অমদি নৈরমগদি অঙাং 'অসে চাক্লাই
হৌবা অদোংবানি । তোম্বা, ওজাগা অসিদগী হোতেল-
সিদা চংদুসি মং চংপা ওমপত্রা ? লাও ওজা কোক্নগে ।

( ডাইহাক মৌজিক )

থিরেন : সে সিদা কম্মু। ইনে— থেচি, অমত্তা পীথীযুবা, তোম্বা নং ওজাবু ইকাইবরা, ইকাইরক্কু নয়াক্স অমগুম্বনি হায়না থল্লু সে সে চারো মথুৎনা চাগেয়্য ? নত্রগা চাহসনা চাগেয়া, নংনা হৈনবা অমনা হেক্তা চাও করিমত্তা ইকাইরক্ক। ইনে ঐগীসু চা অমত্তা শেম্বীরকউ : তোম্বা করি তৌরবগে ? চাতুদা মুত্না য়েংহুনা লৈরিবদি; ইনে, ঙা অতাওবা অমত্তগা পুথোকলীরকউ।

তোম্বা : ( হিক্রা কপলকপা পুক্লিং সুংশিনা )

থিরেন : করিদৌরগে তোম্বা ? নংনা কপীবনু, হাক্তিয়ো ওজাদা, হেক্রা তোম্বা নংসিমা সুপা মচা মানথিত্রেদা, নখোয় ইমা-বমানা নংবু করি তৌরব্রবগে ?

তোম্বা : ( ইমা ববা পন্নুবদগী হেক্তহুম কপ্পকপা, হিক্রা হিক্রা )

থিরেন : ইমা ববা পল্লুরগা নংনা হেন্নামুক কপ্লিবদি নংবু করি সুং-ঙাইতবা লৈবগেনে ? তোম্বা হা ? হাইয়ু তোম্বা ওজাদা হাইয়ুসে সে, নংবু কপকনোমি পিদো পা'মুইদে ওজা তৈথোকপীগে।

তোম্বা : ( মপুক্লিং সুংশিনা ) ওজা ঐগীদি ইমাসু লৈতে, ববাসু লৈতে।

থিরেন : অহুদি নং হৌজিক কনাগা লৈরিব। ?

তোম্বা : ইচেগা,

চাথিবনি, চয়াস্থু য়াদথিদে মতমদিদি ওহোক্না থেংজিন্নক্লে চাকলাইবু হোৎহনা তুশ্রাবয়ানে, ঐবু য়েংলুসিন্না (গাম্বি খৌজিন্নকপা)

মনি : (গাম্বি মখোল তাবদা মপাল থোয়কে তৌরিবৈদা)

তোম্বা : ইচে, ইচে, (কিংনা)

মনি : ইচেগী ইমুংতো মনিতোম্বা মং হন্নক্লাবয়া, (মপান্দা থোয়কপদা)

বিরেন: (নোকেং তৌনা) ঐ তোম্বাবু খিনজয়কলিবনি ।

তোম্বা : ঐখোয়গী ওজানে ইচে, ।

মনি : (মথন্তা সোনথাংননা সোঞবা) তোম্বাখোয়গী ওজা মকম অসিদা কয়িগীদমক্তা, । সিদা কিদা (হাইবা লোইক্কাথক্রিবৈদা)

বিরেন : য়াবে, য়াবে, কয়ানোই তোম্বাগী মচে ওইবিয়বয়া ?

মনি : হোই .

বিরেন: (মথন্তা শোঞবা) তোম্বাগী মচে, কয়াদা নিংথিজরিবনো, শক্তা, য়াতাংদা কয়িগীনো ঐগী থম্মোয় নংনা নিকলিবা ?

তোম্বা : ওজা কম্মু । ইচে, ঐখোয়গী ওজানা য়ুম থংনিঙই হাইহনা ঐবুস্থু খিনবিবা ওইনা .

বিরেন : কয়িমতা হংগোইমু য়ায়া চক্না স্নুম.. .... !

মনি : কয়িরক্তা থনজায়েদা ,

তোম্বা : ওজা ঐখোয়গী য়ুমসে কজদয়া ?

বিরেন : উব কৈজে নংস্থু ঙুংশি থাইনগী য়ুমজাওসে, ।

মনি : ইচিল ইপ্‌রাতা লৈবনিনা য়ুমসে মিনোক্না থম্লে ; ।

বিরেন : কৈদৌরগে সুক করিবা য়ুমসিবো,

মনি : ওজাগী সেরা কমিনা তোগনি লাইরবা ইচিন ইপ্‌রানীদি.

( মরক থংনা )

বিরেন : হেরা করি তোমেগে শক থংমরিসিনা হেম্না নুঙাইজগ্রে, অহুপা লাইরবা হাইবা বা অমা পনথিবত্তম -তোই মহু ঐদি থজিত্তং .......... ( মরক থংনা )

তোম্বা : ওজা শরিতাগু লাক্লে; ।

বিরেন : শম্নিতা করি ইনশ্যাং চারকই ?

শরিতা : ( নোক্লাগা ) অদুবুমো ওজা হংগাম থোংবা ।

বিরেন : হাওবরা ?

শরিতা : উম হাওই, ।

বিরেন : অহুদি ঐ অমুক চৎপ্রগেনে নখোয় অমুক লৈহোয়োনে,

( তোম্বাগী মচে মরক থংনা )

মনি : ( হকাইনা ) হোই করিমতা তোজদরে ?

বিরেন : মতুংদা য়াম্না লৈম্নিদা; ঐ মরক মরকত্তা অহুম লাকচগনি ।

শরিতা : ওজা চৎলোকো হায়েং স্কুল ওমা কারকে ওজা, তোম্বানসু

বিরেন : [গাম্নি ইসভাৎ তোবা] হোই তোম্বা, শম্নিতা, ঐ চৎলে

তোম্বা : ওজা বাই বাই ।

বিরেন : বাই বাই [ গম্নি থোনা ]

শরিতা : তোম্বা, ঐখোয়গী ওজা বিরেনসে কয়া ?

তোম্বা : উব য়ায়া দৈ,

শরিতা : ইচে, তৌফিক্কী ঐখোয়গী ওজাদো মবুক য়ায়া কপ্পা ওজানি, পয়া কাদবগী ফুবদো ঐহোক্লমি ফুদে [ময়ক অফুনা]

মনি : [ মথক্তা শোকজনা ] নোংমা ঐনা কৈথেলগী চিনাই অমদা চীং ইমশাং থম্ম [ নিংশিংবা ]

বিরেন : ইতৈমা হাইগদ্রা কনিবু হাইপদোমো চীংগী য়েনশাংসে ঐদি চানিংথরে কয়াগীদমো থাজিবসিদো ?

মনি : ইতৈমা কৌরবশু য়াইদা সিনা মথাইগী [৫০] বি সিনা নুপা অমাগী লোও য়ায়া হাওবনি কাংসুবাক চাবাসু হাওশ্রবাজাংনি ।

বিরেন : নুপা অমাগীদা তৌখিগে য়ায়া তোয়কই ।

মনি : সে, সে, য়ায়া পিরবনি [ নিংশিংবা লোইবা ]

মনি : (মথক্তা) মামদি থংলমগদ্রা ?

শরিতা : ইচে, মংলা মুমা জেংলনা মুকম মুকম শোলিবদো কনিমো. ইচে ?

মনি : কনিসু শোনদোমা নংগী তাকপা ওইরিনি, তোম্বা, চাক লায়থলনি লাও চাকয়ো তমাংসু চাবনি শরিতা মংসু লাও ।

শরিতা : ঐদি চাগে ইচে, তোম্বাদি তপাই কপ্লদা চাকজাই হৌরক্লিবা ।

মনি : তোম্বাবো ( ওক্লা )

শরিতা: উম; অতুদা ওজানা হোতেলদা। পুশিল্লগা চাক্লাক পিজ-রকপনি ।

মনি : [ হিক্লা কপ্পা ] ইচেগী তোম্বা নংদি নমাম্বা মরমগী মরক্তুদা লাইরবনি হাইবা খংহল্লম্বাত্তা নত্তা ।

[ নংশিরবা বাস

# মণ্ডাশুবা শরুক

(তোম্বা শরিতা শান্নাবা)

চি চি চিচি খংখৈতং থরুংলাবা খোশাবা শেল্লাং লাকত্রে কত্রং হা হা হা হা ( নোকমিল্লবা )

শরিতা : খৈদেন্দগী মকুনা উনা রেক রেক লাকপদি হবাই নংগন গরো নংননি নংনদি?

তোম্বা : নংননি।

শরিতা : নংননি। (মরক অত্থুদা)

তোম্বা : নংননি,

বিরেন : ( গারি খোৎরকপা )

শরিতা : কানানো অদা গারি থৌদুনা লাকলিবসে ঐথোয়গী ওজা বীরেন মল্লা ?

তোম্বা : মাংনি ঐখোয়গী ওজা বীরেননি ।

বীরেন : নখোয় শানরমলিব্রা ?

শরিতা : হোই ওজা;

বিরেন : নখোয়দি ঐগীদা সুক্লাকসু লাকক্তে ?

তোম্বা : ঐখোয়গী ইচেনা ওজাখোয়দা চৎপা চৈয়ে ।

বিরেন : ঐখোয়দা লাকপবুদি করিগী নখোয়গী ইচেনা চৈরিবা ?

শরিতা : ওহনসু ওজাহোইদগী হন্নকপদা নখোয়গী ইচেনা ঐখোয়দা ফুগে তোরগা মথনতা কপী ।

বিরেন : করিগীনো ?

তোম্বা ; ওজাহোইদি ইনাকখুনবনি অহুনা লাইরবা ঐখোয়বু কৈসু সুংশিরমমোই হায়রিবা ।

বিরেন : নখোয়গী ইচেবু অহুমাইনাকাক ভাংবা হৈবরনে ? ঐবু ইনাক খুনবনেকাক হাইরিবা,

তোম্বা : উম,

বিরেন : হৌজিকপু নখোয়গী ইচে লৈবয়ো ?

তোম্বা ; চীংদা চৎখিবনি,

বিরেন : চীংদদি মাদি কৈদোবা ?

তোম্বা : চীং রেমশাং হেকপা,

বিরেন : ( লোম্না ) লৈশাবী হুপী মচা, চীংদা কাহুনা হুমশাং ।

শরিতা : ওজা করি তোরবগে মুরুম মুরুম ভাংলিবহুবু ? ইচে মনিঙ্গি লান্নানি ।

বিরেন : ঐবু করি ভাংখিবগেনে ? নখোয়বু লাইরিকাক অমতা ওয়াইত্রবো শানহুনভ লৈখোল্লাবয়ো ?

তোম্বা : হৌজিকতসু মাগা ঐগা পন্না কাদবগী কিন্না হরুমমলিবনি।

বিরেন : ( নোক্লীংনা ) কিনদি কমনা খন্না হকথরে !

তোম্বা : মাদি পন্না কাদবনিনা ঐনা খন্না হকথরে ( মবক-থংনা )

শরিতা : ( শাউনা ) হকতে কৈনু মাম্না কিন্না হককে তোমদা ঐনা কোইচেল চেল্লাগা ।

বিরেন : ( নোক্লা ) নাবানিদি য়াম্না তুতাইরিদনা তিন্নাবসু য়াম্না নুনা তিন্নাবা খংনবসু তৈহাক লৈতনা, খংনবা য়াম্না কৈনে ।

শরিতা : ওজা ঐদি ঐখোয়গী ইমানসু ববানসু কনানো ওজা অমা খিরগা য়ুমদা ঐগী পন্না তাকহনগনি হাই, অদুগা তোম্বাদি ঐখোয় অনি তাকহনসি হাইবা য়াদে, পৈশা লৈতে হাই ।

বিরেন : নাবান্নী ওদিকগী ঐনা তুইশন তৌবিগনি হায়রন, নাবান্নী লাইরিক লৌখোকলুরো ওাইহক্কং তান্নমলাগে ।

শরিতা : তোম্বাগীদি পৈশা লৈতে হাইবনি য়াগদ্রা ওজা ?

বিরেন : তোম্বাগীদি য়ানি

শরিতা : ওজা অদুদি ঐ লাইরিক লৌরুখিগে ।

বিরেন : ঊম লৌরুরো,

শরিতা : [ লাইরিক লৌবা চৎখিবা ]

তোম্বা : [ ইমুংদা চংখিবা ]

বিরেন : (মথন্তা শোনজবা) কয়াদ হুংশিগ্রবা অভাংশিংনো ঐনা মকম অসিদা লাকলিবা অসিনা করিগী লম-হেন্নবা ঐগী খমোইনা পুরক্নলিবা মকম অসিদা অহুবু মাগী মফমদদি মরা প্রংশ্রিবসে ওমকতক্লিবসিনা করিগী ?

তোম্বা : ওক্না ঐখোয়গী ইচে অহু অদা লাকএ !

বিরেন : ( য়েংবা )

তোম্বা : হু অসিদা লাকইবসে উত্রা ?

বিরেন : অহলনিনে তোম্বা অসিদে ,

তোম্বা : অহম নত্তে ঐখোয়গী ইচেনি ওক্না হয়্বী মাক্না ?

'বিরেন : (ওক্না মোংমা কৈথেন্দা হৌথিবা নিংশিংলকপা) ইতৈমা হাইগত্রা করিবু কোগদোবনো চী গী ইনশাংসে ঐদি চানিংগ্রে অসিবু কয়ানো ?

মনি : ইত্তৈম্বা কোরবন্থ রাইদা লো য়ায় হাওবনি সিনা (50) মথাইগীনি সিনা লুপা অমাগীনি !

বিরেন : লুপা অহমগীতা লোথিগে রাল্লা তোরকউ

মনি : সে. সে. রাল্লা পীরবনি ( নিংশিংবা লোইবা )

বিরেন : (মথন্তা অমুক) তম্না য়েংখৎলি মমাই অদো রাল্লা হুংশি নহা মাক্নি অহুবু মাগী কীভম অহুদদি অহলনি হায়দবা, ওমদে পুক্নিংন্থ থুক লাওবা অমা পোকখি !

তোম্বা : (মচেবু খাপলপ কৌবা) ইচে, ইচে, ঐখোয়গী ওক্না লাকএ ( হাইহুনা মবেগী মনাক্তা চেন্নলকপা )

মনি : (খোঙ্গালদগী ময়ুমলোমদা য়েংখিবদা উরে মাংগোম্বা ফম্নীবা বিরেনবুদো অহুম্বু ইকাইখন্না খোং থাংকম থংলক-ক্তরে চংশিনবসি কদায় হৌদোকসি কদায় মখম্বা শোনবা)

কহিগীনো মানা মকম অসিদা লাকলিবসে ঐবু অমুক হন্দোক্লাসিন্না উশাবকাংলা ঐগী পুন্সিবু কহিগী অমুক লোৎনুম্লনি পুন্সিবনি (হংশা খোয় শাংনা হোলমগা) অহুম্বু থাংকম থংলকক্লিবসিনা কহিগী !

(থাম্লপা কৌরকপা লাক্লবনিত্রা)

বিরেন : হোই (নুকথাখিবা)

মনি : ফিভমসি নঙবদি পুনসিন্নে হিংম্বা ওমলোইদৌরি।

তোম্ব : (মরক থংনা) ইচে ঐখোয়গী ওজানা শম্বিত্তাগা ঐমাবু ওসিদগী খাইদেং তৌবীরগেয়ে ইচে।

মনি : তোম্বা।

তোম্বা : (মরক থংনা) ঐগীদি পৈশাকাক্ত অমত্তম লৌরোইয়েয়ে ইচে ঐখোয়গী ওজাদে য়াম্না কৈকো ইচে।

# তরুক শুবা শরুক

## ( অহিংগী মতম কোকিল খোংলকপা )

তোম্বা : ( নাহুনা লৈবা )

মনি : ( মথন্তা শোনজবা নাহুমা লৈরিবা তোম্বাগী মনক্তা কয়াগা মথুংনা তোম্বাগী মমাইদা নালগ ) ইচেগী ইবুংঙো তোম্বা নং নাগমুনে ইচেদি তৌকম খংদেনে (হিক্রা কপ্পা)

তোম্বা ; [মীয়বা খোনজেলনা] ইচে; ইমাদি ?

মনি : [কপ্লগা] ইচেগী ইবুংঙো„ ইচেবু করি হাইরাসিগেনে ।

তোম্বা : হৌজিকথক্তা ঐগী ইমানি হাইহুনা লাকলম্মীনে ঐবু চংশি লাও হাইহুনা পমলম্মীনে ।

মনি : ইচেগী তোম্বা মং ওইরিনিনে„ সে তুম্মিনা তুম্মু ইচে কৈজুপ ওপপিরককে (মমাবু নিংশিংহুনা) ইমা নচা ঐখোয়না তৌরিবা মস্তোসে ইমা নংবু য়েংবা ঙমলিদ্রা; পিকলিবা নচা তোম্বান্থ লোগে লাকবিয়ানে ইমা পালেম পম্থৌ অনিনা তাইবংদা লৈহৌরিবা মচা ঐখোয়বু করিমক্তা উৎনীত্রাবরানে ইমা !

তোম্বা : ( মিরবা খোনজেলনা ) ইচে, হয়েং স্কুল চংলুগেকো ওজানমু ঐবু শাওরম্লনি ইমাদবা শখিজঙ্খোয়না ঐতোম-দগী পন্না হেন্নম্লাখি।

মনি : হোইনে, হোইনে, মাবদা করোনে, করিগী মখোয়না ইপ্‌াদগী পন্না হেনগদৌরিবা ( য়েন ঙোংলকপা )

তোম্বা : ইচে, মোং ঙানগদোবা কয়াম রাংখি ?

মনি : নোংঙানগদোবা থম্না রাংখি। য়েনখোং অহানবতা ঙাইরি সে, তুম্মীম্না তুমখো, । নং তুমনিংঙ্গাবরো? সে ইচে কোনগে। হয়েংদি মম্নাইনা অমাবমু কজারম্লগনি। তুমথখিবা ( ঙাইহাক মিউজিক ) (লাইওইগ্রবা মমানা মনিগী মমঙদা )

শম্ম' : ইমাগী ইবেম্মা মনি নংগী নত্তৌ ইমানা য়েংবা ওমদমে পিক্লিবা, ইচা তোম্বাবু ইম্মানা পুগ্রগে নংদি তাইবংগী পুন্সি লোইদ্রি অহুমা লৈহৌরোকো ইমাগী ইবেম্মা মনি ইমা-ইচা চংলে ইমাগী-তোম্বা লাকওনে ইমানা নংবু খোম-লাং ইনখিলবা কূইরে লাকওনে ইমাগী মাঙা। হে; ইচাগী হকচাং পোলাং নংদি লৈহৌরোকো ইচাগী থরাই অসিদি পুগ্লাগে তিলহৌরো হকচাং নংদি মলেমদা।

তোম্বা : ( য়ারা রানা ) ইচে, ইচে ...

মনি : ( মিকপ থোরকপা কিংনা ) তোম্বা, তোম্বা, ইচেদি তুমথারুরেদনা ই! হমাংনা পুমচোং চোংলমলেদনা ইচেগী

শরিতা : হোই ইচে,। তোম্বা নংবু য়াম্না রাম্নবরা ?

তোম্বা : ( রানা ) রাদে , ।

শরিতা : ঐখোয়গী ওজা মিস্টার হৌজিক লাকনি হাইবনি ওজানা নংবু হন্দক মরক স্কুল কায়ক্লীবা করিগীদো হংলকপনি অদুদা ঐনা তোম্বাদি লাক্নবা লৈবা কুইরে হায়রকপদা ওজা-মতোন্দা পাও হাইরক্তে হাইদুনা য়াম্নাসু শাওদ্রোবনি। তোম্বা , ঐখোয়গী পরান্নু মথা য়াম্না চংথখে। তোম্বা নং ইচেনা তুমলমগনু হাইবনি ।

তোম্বা : শরিতা ইচে কদাই চংখি ?

শরিতা : মাইবা কৌরুনি হাইদুনা চংখিবনি নং তাদ্রোদব্রা ?

তোম্বা : শরিতা হোরেন ঐখোয়গী ওজা লাক্লাগা ঐনা রানা তাই-রম্মী হাইনা তম্বীবুকো ? ঐদি চংলগে মখোয়না ঐবু তাইদুনা লৈরে ।

শরিতা : কদাইদমো নংনা চংকদৌরিবো ?

তোম্বা : য়ুমদা ।

শরিতা : তোম্বা , নংবু তাওরবরা ; নংগী য়ুমনিবে সে তোম্বা।

তোম্বা : মত্তে ঐগী য়ুম লৈত্তে তাইবংপিদি ঐখোয়গী য়ুম নত্তেনে শরিতা ; ঐ য়াম্না রারে ; ইমানা ঐবু কৌরে ঐ চংলে ইচে লাকত্রিবরা ( শিরবা )

শরিতা : ( পাথবনা ) তোম্বা কৈদৌরে ? হা তোম্বা , তোম্বা , ( খোজেল শাংনা ) ইচে ... ইচে মনি তোম্বা কৈনোমা তৌর্ষে ।

মনি : (কোম্হোংদগী খুমলকপা) (পাখৎনা চেমশিল্লকপা) তোম্বা ; কৈক্লোয়ে, ইচেগী ; তোম্বা (কপ্পা) তোম্বা, তোম্বা, ইচেগী তোম্বা, নমিংতো পাংথোকউবে সে (কপ্পা) (হাইকেৎতুং লোক্লাপা) করাতা চুডাইনা তুমথবোরে সে শায়বদা বায়চুনা তুম্লামানে সে। (খুথলদা ক্লাওরবা)

শরিতা : [কপ্পা] তোম্বা হৌজিকথক্তা নংনা বা ডাংলবা নত্রানে ; সে তোম্বা, শে রা ডাংতোসে। নং দৈনআবদি ঐদি করাগা মুক কাসীরগনি, করাগা শানায়ুন তোম্বা তোম্বা,

মনি : [বাখল্লা] শরিতা নংনা, কল্লিবদো করিগীনো ? কপকান্ন সে য়েঙ্, তোম্বানা মডাইনা তুম্লিবসে উরবদা ?

শরিতা : ইচে তুম্বা নত্তেনে শিরবদিনে [কপ্পা]

মনি : [লোক্লগা] তোম্বাবু শিরবাহা, হা, হা ............... হা

লোইরে

# "ঐগী ইমাদি"

(অহানবা শরৎক)

'নোঙ্গৈল হুংশিং য়াওনা নোং তাবা, হুংখিল"

(চহি হুয়াগী অঙাং অমনা মপাদা)

শরৎ : ববা নোং য়ুরে !

মপা : ইবুংঙো কদায়দনো নোং য়ুরিববু ?

শরৎ : ঐগী কমুং মপাদনি য়াম্না কন্না য়ুরে ববা ।

মপা : কদায়দনোনে ?

শরৎ : তু অসিদনি ।

মপা : ঈ ! অসিদি য়াম্না কন্না য়ুরেদনা, সে মোমংলাক্ত অসি চোংলনি হুগংসি, নোং য়ুরক্লিবা মপাসিদা খুদেং অসি য়াশিন্নু ; নোং হাংলগা য়ুম কুপ্পা হৈবা কনানো অমত্তু নোং য়ুরিবা মফম অসি মেনশিলহননবা হায়বছুনি ।

( য়াম্না অরাবগী খোনফমদা )

শরৎ : ববা, অরাংথংবা ইচে মিমা খোয়গীদি নোং য়ুদে ববা ।

মপা ; মখোয়গীদি কদায়দগী নোং য়ুরনি মখোয়গী য়ুমগা ঐখোয়গী য়ুমগদি কদায়দগী প,বা য়ারনি ।

শরৎ : ববা অহুদি ঐখোয়গীন্থু মখোয়গী অসিগুম্না য়ুম শাসিবা ।

মপা : ইবুংঙো, নহাক্তি অঙাং ওইবনিমা থওলম্মোই ; ইনাকখুনবা মীগী মতৌবু লাইরবা ঐখোয়না তঙ্গা ঙমত্রা, অপংবসিদি ( মপাম্মা মচাগা ওইনবগী মওংদা মোকপা ) ।

শরৎ : ববা ঐখোয়স্থ ইনাক খুনসিবা ।

মপা : ( হাইক্কেৎ নোক্তুনা ) ইবুংঙো ইনাক খুনবা হায়বসে খুনগে হায়রগা হেক্তা খূনবা নত্তেনে৹ অপংবসিদি কদায়দগী হাখলনোনে ।

শরৎ : অদুদি ববা ঐখোয়গীস্থ ইমা লৈরম্বদি ইনাক খুনগনিকো ববা ?

মপা : ( পুক্লিং সুংশিনা ) কম্নিনো ইবুংঙো মঙমা ভাঙলিবা অদুবু ।

শরৎ : ববামা ঐগী ইমা লৈরি হায়রগা নোংমতস্থ ঐগী নাক্তা লাক্কবা । ববা, মিনানা হায়রিবা ঐগী ইমাদি ঐ পোকপা থা তরেৎলোম লৈরম্নগা সংসার থাদোকখি হায়বসি অচূবরা ??

মপা : মিনানা মচিন থিহুনা পঙাং ভাংইবনি অমস্তা লৌরুগম্থ ইচাসিদি ।

শরৎ : অদুদি ঐগী ইমা কদায়দা লৈবগে ববা ?

মপা : ববানা নোংমা শোয়দনা নহাক্কী নমা পুরকনি । সে মুমিৎ তাশিল্লক্লে মৈ সিং চুখত্তনা লাইরিক য়েংনবা হোৎনরুরো । ( শরৎ ইমুংদা চংখিবা )

মপা : ( মথস্তা শোঙবা ) নোংমা নোংমগী অস্থম হৌখিবনা ঐগী ইচা অসি মমা থিরক্লবা ! পৌক্লিঙৈদনা অমরোমদাহৃম থরা করম্মী ; ফরে মসি শোন্দুনা কান্নবা থবক নত্তে, তোক্লগে অমুক অবাবা হায়বহু ওইনবনি ।

( যম মতেক অমা )

শরৎ : ববা, অবাংগী ইচেনা ঐবু লাইব্রিক ডাকপীগে হায়ছোবনি; ববা; ঐহাক চংলুগেকো — ঐদি লাইব্রিক য়ামা হৈনিংই।

মপা : চংলুরো অহৃগনে নহাক্তা খঙদবা পরাচু খরা মুম্না তাকপী- য়ু হায়বা নচেদা হাইয়ুকো । মীগকাক লম্বীদা খৎনা চৈনগম্নুকো ।

শরৎ : ববা কনা অমত্তগা খৎনজরোই ।

মপা : ( মপানা মথস্তা মুরুম মুরুম শোঙবা )

ঐগী পুন্সিশে হিংগদবা ইম্বোক্না লুপ্রেদা করম থোরগবা ! মমা মশক খঙজহৌত্রবা ইচা অসিগী মত্তৌ উবদা ঐগী মিৎলুগী পিরাং ভত্তনা সিম্বরিবা, নিংশিংলুরগা খম্মোয়সে মচেৎ মচেৎ কায়বজু ওইরে। কনা অমগী মওং মত্তোদা পুন্সিসে পোথাকম খঙদবা মতম অসিনগা অমনা অমবু মী ওইনা উদবনে ; ঐনা মুপী অমা থিরুরগা মতম অসিগী হোনবী মচাবু মচানি খন্দবা মপুরোইববু মপুরোইষনি হায়না খন্দবা, মতম অসিগী চংনবী ! । অহৃবু পুক্লিংসে লৈত্তাবা ভমদে । ইচা অসিগী খল্লবদি মমা অমা, আ.... মসি করিস্থ ক্নায়দবা রাথলদিদা ! হে ; ঈশ্বর অঙকপনিদা নঙগী লিলা ।

( বাসিঁ খোঙ্গেলনা ভাইহাক সরুক সিবা )

# অনিশুবা শরুক

শরৎ : ইচে মিনা পুং কয়া তারবগে ?

মিনা : পুং মাপন মথার তারে স্কুল চৎলসিরা ?

শরৎ : হোয় থেংলনি চৎলসি, ইচে ঐদি ওয়াংগী রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরগী শৈরেং অদো চিনফা কারে।

মিনা : ঐনা তাকপীবদগী কাবা নত্রা ?

শরৎ : উম মাল্লি ইচে।

মিনা : অদো নংবু চাক চারত্রা ?

শরৎ : চাদরি, চাক্তি লোইরে, নঙবু চারত্রা ?

মিনা : ঐস্থু চাদরি ঐখোয় ইমানা নঙগা চামিগৌ হায়রুনা নঙ কৌরুচো লাক্লিবনি।

শরৎ : হুম, ঐখোয়গীস্থু লোইরে।

মিনা : অদো ঐখোয়গীদমুক চারগা নখোয়দা অমুক চাসি লাকও।

শরৎ : ভলি, নখোয়গীদি মমানা থোংবনিনা চাক ইস্থাং য়াম্না হাওই ; অদুগা ঐখোয়গীদি ঐনা থোংবনিনা চাক ইস্থাং নাট্টে চাদেবা।

মিনা : ঐবু ইকাইখিত্রা নত্রগা ফনাবুনো নঙনা ইকাইরিবদো ?

শরৎ : থত্তদে ইকাই।

মিনা : অদুদি নখোয়গী মমানা ঐখোয়দা চাক চাক্লু হায়ববা ?

শরৎ : অদুগী বা নত্তেদা, কম্বিমু হায়দে।

মিনা : অহুদি শরৎ গুসিদগী নওপা ঐগা কৌনররোইসি ।

শরৎ : নওনা কৌত্রাবছু ঐদি ইচে হায়না হেক্তা কৌগনি ।

মিনা : খুমদোবা ঐনা খুমত্রগা লোয়রেদনা অহুবুদি কৌজোনে ।

মপা : ও : শরৎ

শরৎ : বাবা লাকএ !

মপা : স্কুল চৎপা থেংলগনি লাকওনে ।

শরৎ : বাবনা কৌরকলে ইচে !

মিনা : কৌবিরকহু অমত্তা ।

শরৎ : ইচে ঐনা করি হায়খিবগী ইচেনা ঐবু নারৌমিবা ইচে ?

মিনা : খওদে ।

শরৎ : অহুদি মখোয়গী ইমা নৈ হায়রদুনা চাওখোকইরো ?

মিনা : নও অহুমা হায়গহু নওনা অহুমা হায়রবদি অমুকা হেমা নংনা কৌবদা থুরোই ।

শরৎ : অহুদি ঐখোয়গী বাবানা অমুকন্থু কৌরক্লনি । ঐখোয়দা হায়া চাক চারুসি অহুগা লাইরিকহু পুরক্লসি । মখো-য়দামুক চারগা স্কুল চৎলসি । ( মখোয় অনি ইমুংদা চংলকপা )

শরৎ মপা : ওসামতৈ কদায়দা চৎলুরিবনো ? চাকতো চাখোকলো ইবেম্মা মিনা নংস্থু চাখিজরো ।

মিনা : হোয় কাকা

মপা : ঙসিদি ককা য়া অমা হায়গে নখোয় মসি য়াম্না মুম্না তাগদব-নি, নখোয়না স্কুলদা চংপদা মত্রগা লম্বী (সরক) চংপদা ওইথংবা লম্বীগী চিদাইদা চংকদবনি অদুগা সরক ময়ায়দা কাদু কারন চেন্দুনা শাময়োইদবনি। অদুগা স্কুল চংপনি হায়রগা কনা অমনা মার্বল শামদুনা লৈথোকপা য়াওই। অদুদি নখোয় তৌবা য়াদে, মী অমা হিংবদা লাইরিক হায়বশে তমদবা য়াদবা মহৈ অমনি। নখোয় চহি তরা শুরবা মীওইনি, ঙসি ইপানা হায়রিবা য়াহৈসে নখোয়গী পুক্নিনা লৈরিমথৈ কাওয়োইদবনি। স্কুলদসু মী খংনয়োইদবনি অদুগা নবামীসু লাইরিক্তো অখঙ খঙদা তাম্নগদবনি ইবেম্মা মিনা নংনা সরংপু থম্না তাকপীয় অদুগা শরৎ নংসু নংনা খঙদবা য়াওরবদি নচে মিনাদা হংগদবনি।

শরৎ : ববা ঐদি শৈরেংকাসু য়াম্না কারে।

মপা : উম লাইরিক্তা পুক্লিং চংগদবনি। অদুদি মঙন, কাবা শৈরেং অমতা পারকউদনা থবা তাগে ?।

শরৎ : শৈরেংগী মমীঙমা "করি লৈতে থনগনু"।

মপা : উম পারকউ তাসি।

শরৎ : ( লাইরিক পাবা )

ঈশিং মরিক মরিক্না
অপীকপা নোংলিক কপ্পানা,
অচৌবা ঈপাক ওইবনি,
লোক্তাক ইমায় চোনবদি।

শীরমশা উকপ 'মমিকা লৈকুপ' 'অমমমতনা' লৈবাক লৈমা
শ্রীবনি, যাদেম লৈকোয় শৈবনি।

'লমিচুপ খুনিং বাজনা অমাবা কোঁজাই থাংলগা
মিরাং উরোং যুংবনি,
সিতবা উপাল থাবনি।
লিকুপ অমা লাংথিবা খোম্মাকনা হৌবিবা
কন্নি লৈতে থমগনু,
মমল য়াওদে নিংগনু।

"বাবা লোইয়ে"

মপা : উম ইচাদি য়াম্মা হৈয়ে; অদুগী শৈরেংদো কাবা চুম্মী। অদুগী অথদি খঙব্রা ?

শরৎ : খংদে বাবা।

মপা : ইবেম্মা মিনা নংদি খঙলব্রা ?

মিনা : কাকা ঐনু অর্থদি খঙদে।

মপা : মহুগী শৈরেংগী অর্থ খঙবা চুম্মী। হোয়েন নখোয়গী ওজাদা মসিগী শৈরেং অসি অর্থ হল্লোকপিয়ু হায়য়ু, য়াম্মা ফজবা শৈরেংনি।

মিনা : কাকা হাকুম ঐখোয়গী পরিক্ষা হংলকই।

মপা : উম নখোয় য়াম্মা হৈয়ে, কম্মা হোৎনগদবনি, চৎলো ফুল থেংলনি।

( সরক তায়হাক সিবা )

মপা : (মথম্ভা শোঙবা) কয়াদা মুংশিপ্রবা অঙাংশিংনো মসিদবু ইচা মীচা থায়বা য়াম্বিবরাসে ? হেক পোকখিরবা মচিন মনাওগুয়া চাম্বিন থকমিন্নহুনা মচিন মপ্‌াওয়া তৌমম্বিবা কয়াদা মুংশিপ্রবা অঙাংশিংবো। অদুবু মীগী মচাদি মমা নৈবম্বিনা কয়াদা কেজম্বিবা। অদুবু ঐগী ইচাদি মপা ঐঙোন্দা কেজবা মতুনা ইমা হায়বা মীং-গোদো অমুক্তা কৌবা কংক্ষবনি কয়াদা মরাইবক থিপ্রবা ঐগী ইচানো !!

## "অহুমশুবা শরুক"

মিনাগী মমা : ইবুংঙো শরৎ নংদি মমা অমা লাক্লে হায়রহুনা ঐথোর-শকাক লাকখিদ্রেদমা।

শরৎ : লাকইসিদি ইমা।

মিনাগী মমা : ঙসিগী মতবা।

শরৎ : ঐথোরগী ইমা অতোম্বীনা ঐবু পাথোল পংশিন্তা শি অহুনা নংদহুনা তৌবনি।

মিনাগী মমা : নমাদি করম তৌই কবরা ইবুংঙো ?

শরৎ : উম য়াম্না কৈ, ঐবু থবকাক য়াম্না শুহল্লি অহুপা ফিদু য়াম্না শুহল্লি।

মিনাগী মমা : মথোরগী বাবদি করি অমত্তা হায়ত্রা ?

(মিনানা থোম্মালদগী শরৎপু কৌরকপা)

মিনা : শরৎ ঐদি নখোয়দা চৎলুরে অহুগা মঙনা শিদা লৈরম্নীবা কদায়দা চৎলুরিবনো ?

শরৎ : ঐদি মনিংলোমদা লোম্না চৎলিবনি।

মিনা : নখোয় নমানা নংবু য়ায়া ঙাংহৌবনি।

শরৎ : করিগীনো ইচে ?

মিনা : করিগীনো খঙদে লাক্তা লাকখিসমু মপা লাম্নগা ফুহনগে, চাকা অমত্তা শিজরোই নংনা চাপদবা চাক্তো হুইদা শিজখিগে। অসুম্না নংবু য়ায়া ঙাংহৌবনি। অহুগা নংবু হংজুবদা খঙদে শিগ্রে হায়হৌবনি ।

মিনাগী মমা : ইচা শরৎপু অহুম্না হাইব্রা মিনা ?

শরৎ : ইমা ঐ চৎলগে ইমা।

মিনাগী মমা : ইবুংঙো করিমত্তা নুংশা থিগনু মশিঙমা ইচাবু চৈবা মতিক্লা।

মিনা : ইমা চাক লোয়রব্রা ?

মমা : চাকপুদি ঙসাইনা লোইরবনিবে নখোয় লাক্পা ইমানা ঙায়রিবনি ।

মিনা : ইমা করি হুনশাংনো ?

মমা : ঙরাং নংগী পাবুংনা ভলব কংবগী ঙা অচৌবা অমা লৈরকপদো থোংলিরমি, ইমা চাক লোয়শিলুখিগে।

শরৎ : ইমা ঐদি চাক চায়রোই ইমানা চৈরম্লগনি মুমদা চৎলগে —।

মিনা : চাদবা য়ায়োই শরৎ।

মিন| : ইমা ঐখোয় ববাবু কদাইদা চৎখিবগে ?

মমা : মিনা, মিটিং অমা চৎকনি হায়দুনা মংগী ববাদু চৎখিবনি হল্লকপস্থ য়ারে। নখোয় অনি য়ুম শংলম্‌ ইমা লুহোংবা ভাইহাক্তং চৎলুখিগে। নখোয় অনি নিংথিনা লৈরম্মুকো ইমা থুনা হল্লকে — — — — ॥

মিনা : ইমা কবোকা য়ান্না পুরকউকো।

( মমা চৎখিবা )

# "মরিশুবা শরুক"

শরৎকী মপা : ইবুংঙো শরৎ

শরৎ : বাবা

মপা : নং লাইরিক তৌরিব্রা তৌ তৌ হোয়েম স্কুল চৎপা মতম য়ৌরকত্রি কাওবা লাইরিক তোকো ওসিদি বাবা থবক অমতা চৎলুখিগে ; মমাহুম্বু ভরাং মমা ভমদে হায়দুনা চৎখিবনি মহুনা করম তৌরিবনো খঙদে।

শরৎ : বাবা ইমা অদা লাকএ।

মপা : ও! লাক্তি লাকএদনা।

শাস্তি : ওসিদি কদায়দা চৎপিগদৌরিবমো 'ভক্তানা তৌবিরি-বসিবো ?

শরৎ মপা : ঐবুসি থবক অমা, ঐখোয়গী তাউন কমিতিগী মিটিং অরা লৈ। অদুগী চংকে তৌরিবনি ; মংবু ওরাং মমা ওমদে হায়রদুনা চংখিবনি। অদুবু করম তৌরম্লবগে ?

শান্তি : করিসু তৌরদ্রে কোক থরা চিকপা ওইরগনে।

মপা : অদুগা মংনা করিগী অহিং লেত্তুনা লৈরকইবা ?

শান্তি : ইপানদা অহিং লেকপবুদি করি তৌবগে ?

মপা : করিসু তৌদে, ঐ থবক চংলগে ইবুংঙো শরৎতো স্কুল চংলু হায়কো ( চংখিবা )

মমা : কোলিকা অমত্তা কেংজিনা, কনাবু শাইরিবনো ; হে অঙাং নখিবোং চাবগী কোলিক অসে ফেংদোক চাম-থোকপা য়াত্রা ? লাইরিকা কক থাদুনা ওরাইরিবা অদো হুগৎলু। মংনা লাইরিক ওরাইনবা ঐনা কক অসি লৈবা মত্তেনে। ( কক হুগৎপা ) মাদোলকাকসে য়াই ভৈথোকপা য়াদ্রা, চাক চানেদি হাইবা থংবা। করি তৌনি হায়রবদি থঙলবা মসিবু করম্বা মীনোনে ; মং হোৎজিকমক কোলিকশিংসে ফেংদোকলুচো চৎলু, লাইরিকতু অমুক্তা থুনা থম্মুচো। ( লাইরিক হুন্দোকপা )

শরৎ : ইমা লাইরিক্তুদি হুন্দোকপিখিগন ( কপ্পা )

মমা : ইমাকা কৌবিরকম ঐবু মংগী মমা অসিবদো ওইর-রোই নিংজুরিব্রা ? নিংলুন ঐহাকসে মংগী মমা মত্তে থংলব্রা ?

শরৎ : ( হিক্রা হিক্রা কপ্পা )

মমা : কপ্পস্সু কপ্লিনে, নহাক্না কপ্লাগা নহাক্কী অশিবা নমা অচু লাকনি চায়ব্রা ? নহাক্না কপশিন্নচুনা লৈথোকপগী মতম মস্তেনে ; কোন অসি য়াম্না থুনা কেংলুমে। ( কোন চাইথায়বা ) অসিদা লৈখিবা শিং অসি থায়দোকউ অচুগা নখিবোং চানবা চাক থোংগদবনি । য়াম্না থুনা তৌ, মচুনা নহাক্কী অকবা ওইগনি ।

শরৎ : ইমা শিং থাম্নমুবনি স্কুল চংগে থেংলে ।

মমা : কন্নিগী স্কুল চংকদোন্নিবনো, ওসিদগী লাইব্রিক তম্বা তোক-লবনি । ঐহাক্না হায়ন্নিবসিনি ।

শরৎ : ইমা নচাবু লাই.ব্রিক তম্বা তোকউ হায়বা মাহে অচুত্তদি নচাবু নংশিখিচুনা হায়বিগমুবা ।

মমা : করি নহাকপু ঐহাক্না লাইব্রিক তমহনগদোরিবা, নমা অশিবচুনা নগী খরচ তৌবিগনি হাইব্রামে হা : ?

শরৎ : ( কপবা ) লাইব্রিক্তি ইমানা তমহনমস্সু নত্তনা, বাবনা তমহনবনি ; অচুগা ইমানা ঐগী লৈখিত্রাবী ইমা অচুনু তোইনা পনবিগনুকো ।

মমা : নংগী লাই.ব্রিক অচু নথোয়গী নমা অশিবচুনা তমহল্লিব্রানে ?

শরৎ : ইমা — — — — — — — ( কপা )

মমা : নহাক্না য়াম্না তম্নিংলিবা লাইব্রিকশিং অসি ঐনা লৈবনি ; ওসিদি লোয়না মৈ থাদোক্কে থওগাদি ( মৈ থাবগী মথোল )

শরৎ : ইমা! নচাবু অমুক্তদি নুংশিবিমুনে নচানা ইমাদা করি লান-খিহ্নুনা নচাবু অহুক হান্না ওৎপিন্নিবনো, ইমা ঐশুমীনিনে ( লাইরিক কনগে হায়না চেনশিনবা ) ।

মমা : চংশিল্লকন্ নগাকস্তু মাওনা থৈ থাজনি ।

শরৎ : ( মান্না নুংঙাইতনা কপ্পা )

মমা : কপশিল্লহুনা কামমোই সে ফিশিং অসে মান্না নিংথিনা শুরক্লদবনি , মসিদা চুপ্পিবা মকমসে অমত্তা চুহনবা যাদে; মসি কোক্লবা শুরক্লবা ভারবদি নহাক চাককাক অমত্তা পিজগদবা নত্তে; থঙলত্রা নশানা ভাব তাকৌ মপা ভায়-হাক লৈরগা লাক্লগনি ঐবু হংলগা বজারদা মী অমা উনবা চৎথোকাথ হান্নবু অহুগা ঐনা হায়বা পুন্নদক তৌ-রমগদবনি । ফিত্তবা হল্লক্লগা চাক অহু থোংলম্মু (চৎখিবা)

শরৎ : ( মথক্তা শোজবা মামনা মথাৎয় নুংঙাইতনা )

( নুংশিবা বঁশিগী খোজেল )

হে ! ইমা নুংশিবী মচানা তৌমিবা মতৌসে উখিত্রবনে, ইমা নচাবুস্থ ইমাগী ননাক্তা লৌশিবীয়ুবা ইমা অক্সুমনা রানা তাইবংপাল অসিদা হিংগদবগী শরুকপুদি সংসার অসিদা অমুক কুইনা হিংহবীমনুবা ! করিগীনো । মীনা মীবু অনুক তমথিনা ওৎপিন্নিবা ? ইমাবু মশক থংতহৌত্রবা নচানা ইমাগী থবায় মাওত্রবা কোটৌ অসি মেংহুনা থাওলিবা ; তাইবংপান অসিদা ইমা নহাকপু করি অমত্তা উখিত্রবমনে ইমা । নচাস্থ ইমাগী ননাক্তা লাক্লগেনে ইমা —

( মামনা নুংশিবা যত্নাগী মখোমা তাইহাক )

# "মঙ্গাশুবা শরুক"

## ( মুংশিবা ঈশৈ অমা )

শরৎ মপা : ইবেম্মা মিনা! ···

মিনা : ও! কনানো? হায়মা কাকা।

শরৎ মপা : নথোয়গী বাবা ইমা লৈব্রা ?

মিনা : ইমাদি চাকশংদা লৈ, অদুগা বাবাদি ওফিসতা চংখি।
করি থবকনো কাকা ? ও! কাকা ইমাসু থোক্লে।

মিনাগী মমা : নঙ লাকইব্রা করি থবকনো লাকখোক্কনা লাকইববো
লাউ অসিদা ফমসি।

শরৎকী মপা : য়ারে, ঐ য়াম্মা থুবা থবক অমগী লাকইবনি ফমদ্রবসু
য়ারেদা।

মিনাগী মমা : মিনা নঙগী কাকাগী চা লোনথৎলুচো।

শরৎকী মপা : য়ারনি ফয়েং কোম্মা থক্লসি ; ঐনা ঙসি লাক্লিবা
অসি থৌ অমত্তা ফামগে হায়দুনা লাকইবনি, অদুবু
মুহাকসু লৈরমম্লে !!

মিনাগী মমা : করি য়ারো ঐঙোন্দা হায়রম্বা য়াবা ওইরবদি হোয়েন
ওফিসতুগী হল্লকুগা তম্বজগে।

শরৎকী মপা : শরৎতো ওয়াংদগী চাক মক অমা কয়ুবা চাও হায়বা
য়াদরে, মাগী অনাবা অসি মথোং থুগদে।

মিনাগী মমা : হা! ইচা শরৎপু ঙমদে হায়বা করিনু হায়বা লায়মানো
চুম্মা ঙমদ্রিব্রা নত্রগা করি লাইঙংনো য়াম্মা কমা ঙমদ্রব্রা ?

শরৎকী মপা : মাগী লায়নাসি করি লায়না হায়গদবনো থঙদেদা ; মহাকসু রাথল য়াম্না মুংঙাইতবগী মওং ওইনা উই। মশাসু য়াম্না শোক্লে।

মিনাগী মমা : অছুদি অঙাং অচু কম্নবা হোৎনদবা য়াদে করম তৌসিগে ??

শরৎকী মপা : ডাক্তরদা পুসি হায়দুনা তৌবনি, অদুবু পৈশা লৈতদুনা মাগা থরা তান্নসি হায়দুনা লাকপনি থঙদেদা পুন্সিসে,

মিনাগী মমা : ইচা শরৎকীদমক্তা ঐথোর লৈরিবসিদি ! করিগী ইচাবু অদুম্না থমগনি ? ইচাবু হৌজিকমক ডাক্তরদা পুদুনা লায়েংগদবনি ! ॥

মিনা : কাকা চঃ সিদা লৈরে ॥

শরৎকী মপা : ইবেম্মা মিনা নং পাও অমা তারব্রা ? শরৎতো মশা ওমদে হায়দুনা ডাক্তর অমদা য়েংহনসি হায়দুনা তৌরিবনি।

মিনা : শরৎপু ! ঙরাং ঐগা শান্নরম্নরম্লিবদুবু !

শরৎকী মপা : ঙরাং মমাগা থৎনৈ হায়বা অদুদি ঐ থঙহৌদরে। ঐনা হল্লকপদা মকোক চিকই হায়দুনা লৈরম্মী। মমাগা থৎনবদা মানা শাওদুনা লাইরিক মৈ থাদোকই হায়দুনা থরসু ··· অদুনরা কম্নিনো থঙদে ! ঐগী ইচা শরৎসে ওয়োক্না মুংঙাইখিদ্রে ঐদি।

মিনা : কাকা লাইরিক অদুদি ইনেনা মৈ থাদোকপনি।

শমংকী মপা : মমানদি মথক্তা মৈ থাদোক্লিবনি হায়রিবনি খঙদেদা; ঐগী ইচা শরৎসে মন্নাইবক ওন্থোরক্স থিনা পোকখ্র-মান্নে, মমা লৈরগা খরা ফগদ্রা খন্নুবদি মমা লৈরগা হেন্না ন্নায়েনে ঐগী ইচাসে ।

মিনাগী মমা : লোয়ন্নে ! নঙনা ঙাংলিবহু মীনা ভাখ্রগা করি খন্নগনি ।

শমংকী মপা : মিনা, নঙস্তু তাও ঙসি ঐখোয়গী পৃথিবী অসিদা নূপীগী "হক" য়ান্না লৈনে। য়ুম অমা শান্তি লৈহন-বদা য়ুমগী মবেম্মা অমস্তুং য়ুমগী নূপী অসিনা ফরবদি য়ুম অদো শান্তি লৈগনি, অমস্তুং নুঙাইগনি, ইমুং মনুং খৎনা চৈনদনা নুঙাইনা লৈহনবা হায়বসে নুপী-গী চাওরবা থৌদাং অমনি। ইবেম্মা নঙস্তু নখোয়গী লাইরিক্তা থেংনরমগনি, নূপীনা জয় তৌবা ন্নারি কয়াদস্তু ন্নাওরবনি। শুন্নমক হায়রবদা ঐখোয়গী ভারত "ইন্দিরা গান্ধীনা" পান্নম্মী। নূপীগী তৌবা ওন্না শক্তি য়ান্না লৈ হায়বসি মতম পুন্নমক্তা কাও-রোইদবনি, খঙলব্রা ? মিনা !

মনা : চুম্মী কাকা ঙসিগী সমাজ অমা চাউথংনবা হোৎনবদা নূপীগী থৌদাং য়ান্না লৈ ।

শমংকী মপা : ইবেম্মা মতম পুন্নমক্তা মদু কাওরোইদবনি নূপীগী শাজৎ নূপীগী লমচৎ খঙনা চৎকদবনি। মদু খঙনা চৎলিবা নূপীশিংশে কৈদৌনূংদা অন্নাবা তারোইদবনি।

মিনাগী মমা : সে: লুপা চামঙাসে পুরো (মিনাগী বাবাসু লাল্লগনি)
শরৎকী মপা : লুপা চামঙাসিবু লৈরবদি য়ামনিদা — — ।
মিনাগী মমা : ঐসু ইচা শরৎকী মমাক্তা লাকে ইবেম্মা মিনা ! নঙ যুম শঙলম্মু ।।
মিনা : ঐসু লাকনি ।
শরৎকী মপা : লাউ মিনা নংসু ঐগী ইচা শরৎনা ঙাইহাক লৈহৌনা পল্লি, ইচামা ঐখোয়বু ঙাইবদা য়ারম্লগনি চৎসি লাও ।

## "মরিশুবা শরুক"

শরৎকী মপা : শান্তি চা গ্লাস অমত্তা শেম্লকউ ইচাসে ঙরাংদগী চাক মরু অমত্তু ময়াদা ত্তাঙ্খিবনি । মশাসে য়াম্না ময়েং তারে, হিদাক চাবা, মত্তমসু য়েংজরে ।।
শান্তি : ও, চা লোনবা মতম শুংজদে ঐদি ।
মপা : মঙবু করি থবক হোৎনরিবগে ?
শান্তি : ইথৌ হোৎনরি ।
মপা : শান্তি ঙাইথো নোংমা নুমীৎ অমত্তা নংনা ঐনা হায়বদা হয়াও হুরাও তৌত্রিবা অসি করিগীনো ? অদুগা অঙাং, অসিবুসু নঙনা নোংমা নুমীৎ অমত্তা হয়াও হুয়াও তৌদে, চাক চাগেমা করি চাগেগে হংবসু য়াই অদুগা হোৎনগা মাইগা অমত্তা হায়দবসিবু নঙবু করি রাখমো ?

শন্তি : করি তৌবগী হংগদৌরিবনো ? মাবু ঐগী ইচারো .... ... ?

মপা : (থংলাও লাওবা) শান্তি নংগী বাখল করিনো অদুরা নঙনা নোংমা হায়খিবা !!

শান্তি : ঐনা নোংমা করি হায়খিবা থৎনাবকা হৌবীরকপু পামজদে ইপাম চৎলু হায়বসু চৎচখিগে। (খোল থরা করা)

মপা : শান্তি নঙদি নহালমখৈ নপাম চৎলু হায়বা ঙাররমীবা ওইরে, চৎলো ঙসিমক নপামদা চৎলো ; মীবু মীনি থংদবী অচৌ পিশক থায়রিবা ঙক্তাবি নঙবু ঐনা মপোক অসিগী মীনি হায়বদি হায়ররোয়। মখোং অনি পাল্লবসু মী মত্তে ॥

শান্তি : ঙসিদগী নঙগী মযুম অসিদা মায় সুকওন ওনশিল্লক্লরোই পুন্সিগী।

মপা : হৌজিকমক চৎলো পন্থরগনু। (শন্তি মপাম চৎখিবা)

মপা : মতোমতা সোনহৌবা : ফত্রাবা জাৎনি মানা ঐগী ইমুং অসি মৈরমনি হৌজিক্তী মা চৎথবনিনা ইচা শন্নৎকী অনাবসু করনি, ইমুং অসিসু মরা তপ্পা পাল্লনি। ঐগী ইচমা বাখল লৈনা ওইহল্লিবসু ফত্রবী মহাক্লানি ॥ ঙসিদি চৎথবনিনা ইচাগী অনাবসু ফরগনি। ঙসিগী পৃথিবী অসিদা মখোয়গুম্বা করা লৈরমগত্রা লৈরি মচি মরা খুদিংমক্তা ঐঙোন্দা খোক্লিবা অদুম্মা ঙসিগী তাইবং অসিদা থোক্লমগনি ॥

শরৎ : ( লোক্ খুবা ) অহু ... ... অহ্ .... .... .... .... ॥

মপা : ইবুংঙো করি তোরবগে ? ,

শরৎ : বাবা করিসু তোদেদা ( মিরবা খোঙেন্দ )

মপা : চা থক্কেরা ইবুংঙো ?

শরৎ ; থক্লোংদেদা বাবা ইমাদি কদায়দা চৎখ্রে ?

মপা : মপাবদা চৎখ্রে ইবুংঙো।

শরৎ : বাবা কয়াম কুইনা লৈরকনি হায় বাবা ?

মপা : মহাক ইপা ইচাগী য়ুমসিদা অমুক হল্লক্লরোই।

শরৎ : বাবা করিগীনো ইমানা (লোক খুখিবা) ॥

মপা : ইবুংঙো নহাক বা ভাংলবদি লোক খুবা হেল্লগনি বা অমুক্তা ভাংগনু। হিদাক চাবা মতম য়োৎরক্লে সে, হিদাক মহি অসিনা হায়া থকউ। পুংখায় অমরোম কান্নগা গুল্লি অদো অমুক্ চাউ হায়্রবনি। সে, নয়াদো লাংওমা কাখৎলু হিদাক্ ইলকক্লে ॥

শরৎ : বাবা মসি য়ায়া থুম্মীকোং।

মপা : করগদবনি ভসিদগী ইচাগী অমাবা।

শরৎ : (মিরবা খোঙেল) বাবা ইচে মিনাখোয় কদায়দা চৎখ্রে লাক্লরোইজা ?

মপা : লাক্লগনি, ওরাংসু লাকল্লিবা অছুনি ভসিসু মংগী অচম অথক পুছুনা লাকনি হায়রবনি। .

শরৎ : বাবা মী অমগা অমগা থৈরবা করিলৈ য়ারা ?

মপা : করিমোমে মংনো ভাংলিবা অহুবু সে, ভুমিনা অমুক্তা লৈয় অমুক লোক থুরকনি ।

শরৎ : মীচা ইচা থায়রিবনা করিগনো বাবা ?

মপা : ইপাগী ইবুংঙো মী অমগা অমগা খেন্নবা হান্নবব্ শক চু লমচৎ শাজং থেংনৈ অহুগা মীচা ইচা থায়রিবা অসিনা মাগী মাগী থাখলনি । মচাশিভা মচাসি থনবা মিচাবুনা মীনি খল্দবদি মীরেম্নি ।

শরৎ : বাবা ঐখোয় মীওইবা ঐখোয়সে অসিবা মচা নত্রা ?

মপা : মানি ঐখোয় নোংমদি সোয়দনা শিরগনি !!

শরৎ : মীওইবগী মিংচৎ মীওইবগী শাজং শিবদা পুখিগত্রা বাবা নচাদা অমুক্তা তাকপীবু ॥

মপা : ঐখোয় মীওইবা অমুক পোকপা অমুক শিবা তাইবংমি । অহুবু মীওইবগী মিংচৎতি তাইবং য়ুমথোং থুদি ; হুৎল-রোইদবা ইহুনা লৈহৌরগদবনি ॥

শরৎ : বাবা পুন্সি মইহাও খঙত্রিবা তাইবং সিন্থা খঙত্রবা ঐখোয়-না হিংবগী অর্থ করিমো বাবা ?

মপা : হিংবগী মমল খঙত্রিবা তুংগী আশা লৈরিবা নখোয়দি হিংবগী অকনবা লৈহে, নংগুম্বা মীওই অমনা লৈবাক অসি জয় তৌগনি হায়বা খংদে হৌরক্লীবা মীওই কয়াগী মপি-মপা ওইরকনি খংদে অমসুং লৈবাক অমগী অফবা মীওই অম ওইদনু য়াই । অহুনা নঙ অমা হিংবগী

মা অমা হিংলি, ইনাক খূনবা মখোয় হিংবগী লাইরবা
ঐখোয় হিংলিবনি — — — — !! ।।

শরৎ : ( মপা কৌনা কৌনা লোক থুখিবা ) অহ — — — ।

মপা : ইবুংঙো কয়ি তৌরবগে ইচাবু য়াম্না বাহত্রা ? বাবা
ডাক্তর অমা কৌরখিগে ঙাইহাক তুমিনা পোথাহনা
লৈরম্মুকো ইপাগী ইবুংঙো — — !!

## "তরেৎশুবা শরুক"

শরৎ মপা : ডাক্তর, ঐগী অঙাং অসে করম্বা লায়নানো ডাক্তর ?

ডাক্তর : য়োমেস বা অমা হায়গে নঙ লাও ।

য়োমেস : কনি লাকচগে হায়বীয় — — — — — ।।

ডাক্তর : অঙাং অসিগী মমা লৈখিদ্রেকো ?

য়োমেস : লৈখিদ্রে ডাক্তর ।

ডাক্তর : চহি কয়া শুরবগে মমা লৈখিদবা ?

য়োমেস : ডাক্তর, ঐগী অঙাং অসি পোকপা থা মরি মঙায়োম
কায়কপা অহুদা মহাক সংসারদগী বিদায় লৌখ্রবনি
ডাক্তর !! ।

ডাক্তর : য়াম্না নৌনা কায়নখ্রেদা অহুগা য়োমেস হৌজিক্লা ?

য়োমেস : হোয় ঐহাক অতোপ্পা নুপী অমমুক — — — ।

ডাক্তর : হৌজিক্তি মহাক কদায়দা চৎখি ??

য়োমেস : মহাক অমুক কায়নথে ডাক্তর।

ডাক্তর : য়োমেস নংগী অঙাং অসিগী লায়না অসি য়াম লুশিনখ্রে ... .... !!

য়োমেস : ডাক্তর বাবু ঐখোন্দা শেংনা অমুক্তা হায়বীয় ইচাগী লাইওং অসে ডাক্তর .... .... ... !!

ডাক্তর : নঙগী অঙাং অসি অঙাং মতিক মঙমা অমুক য়াম্না বাথল থলহল্লিবা কয়িগীনো ? মহাক থৌজিক য়াম্না লুবা লায়না হাইদি মহাক বাথলগী লায়নাম্না নাত্তে।

য়োমেস : ডাক্তর ঐহাকনা হায়্না মসি খোয়রকনি অমদি ঐগী ইচানা অহুম্না তৌগনি থাজকদে মরমদি মুপী য়াওদনা অহুমা য়ুম পানবা অসি মুংঙায়রক্তে হায়রুনা ডাক্তর বাবু !!

ডাক্তর : চুম্মী মীওইবা ঐখোয়রসে মুপী অমদি মুপা য়াওদনা য়ুম-পানবা য়াদে, শম্না হায়রবদা নাম্না হাংবা মুকয়া য়াদে ।।

য়োমেস : ডাক্তর মুপী য়াওদনা য়ুম পানবা, মুপা য়াওদনা য়ুম পানবা হায়বরিবনি ।

ডাক্তর : চুম্মী মতম অসিগী মুপীশিংসে অঙকপনি মুপা, মুপী " রাইট" চপ মায়রে হায়রুনা মুপাসা তৌবা থবকনু মুপী মখোয়না ওম্মী হায়রুনা নংপোগা নুপীগা ওকথা চপ মানরে অহুনা করিনু কায়রোই অমাংবা খুইরকপা মতুনা করিনু কায়বা ফংদবা অসে — য়োমেস, মসি ঐখোয় মীওইবসিং তুংগী বাথল য়াম্না বাংগ্রমী থওংনিদা।

রোমেস ঃ অচুবনি ডাক্তর ঐখোয় মীওইবসি মীনংশি থত্তদবা তুংগী মাখল খল্লবা মাক্তনি হায়রিংই। মসিমক্তমু ঐ মণ্ডায়রে হায়দুনা চৎনরিবনি ডাক্তর। ঐনা হায়জনিংগই কনাগুম্বা মীওই অমা শিবযু ঙাইহুনা লৈরি কনাগুম্বনা মখুৎনা লাম্বনিংলি মখোয়শিংসে উরগা ঐহাকস্তু ... ... ... ......

ঐহাকস্তু ... ... ... ... !!

ডাক্তর ঃ মাদবস্তু য়াদে হৌশ্রাবা ঐখোয়না হৌশ্রাবস্তু হৌরক্লোবা তুংগী লাশা লৈরিবা মখোয়বু হৌশ্রাবা ঐখোয়না অকবা মীওইশিং থনগৎনবা অকবা লমীদা য়ারিবমথৈ দুচিংলমগদবনি। ঐখোয় মীওইবমা তৌরিবা অসে লোয়না উনা উনা মিৎ তাংলে ওসিগী সমাজদা হিংলিবা অণ্ডকপনি। রোমেস মতমস্তু থৈংজিল্লক্লে ঐহাক অমুক চৎনবা তৌরগে ॥

রোমেস : করে ডাক্তর অহুবু ঐগী অণ্ডাং অসে করম তৌরগা কগনি ঐদি হায়রকম থত্তদনা ঙাওরে — ডাক্তর ॥

ডাক্তরগী অমাম্মলস্তু কোমা কৎচবা তারে।

ডাক্তর : অচুম্বদি য়ারে কন্নিস্ত থোইদোকপা তৌগদবা মাকে অহুবু থম্মা চেকশিনু অণ্ডাং অসিদা অমাবা মাখল খনহনবা য়াদে মতম পুম্নমক্তা মহাক্তা হায়বা পুম্নমক মনিং থুংহনগদবনি অকবা মাখল খনহনগদবনি। অমাবা মাখল খনহনবা য়াদে ॥

রোমেস ঃ অচুম তৌরবদি কম্নকনিকো ডাক্তর !!

ডক্তর : ঙগাগি মাগী মাখল অসিবু থাম্নোকহনবা ভন্নবুদি মচাগী অনাবসে শোইদনা কয়গনি য়োম্লেস। ডাক্টর্ হাকস্থ অমং অযাম, কয়া য়েংহনগদবনি, মুংডাইবা রাগ্নি কয়া. শাবিগদবনি। করে অম্বুমা তৌবীমো. ঐ অমুক য়োজয়গে, কম্রিডভ্রা অমুক কুনশিল্লকবদি ঐডোম্দা প্লাণ্ড অমা হেক্তা থাবীয়কউ, ঐ চৎচয়ে। য়োমেস ঐহাক্ অমুক য়োজয়গে।

(গাড়ি মচা থৌখিবগী মখোল)

# "নিপালশুবা শরুক্"

শরৎ : (মিয়বা খোজেলদা) ববা — — — বাবা — — —।

মপা : ইবুংঙো বাবা সিদা লৈ, করি চানিংই চা থহেন্না বাবাদা হায়য়ু।। ইচাগী অপাম্বা বাবা লৈরিবসিনি ।

শরৎ : করি অমম্তা চানিং থক্লিংদে; বাবা ঐগী ইমা কৈদৌঙে লাকনি হায়রম্মী। ইমাদো মচাগীদমক্তা থাঙবদা রাজমন্ত্রগনি ইমা ··· ।

মপা : (থমা. কল্লপ্না) ইপাগী ইবুংঙো ন'না ভাংলিবহৌবু করিনো, ইপাদি হায়কম থঙদরে !

শরৎ : বাবা ঙসি ঐগী মঙদা ঐবু পোকপী ইমা অহু লাক্লগী অহুগা — — — !।

মপা : অহুগা করি হায়রম্লিবা ??

শরৎ : (মঙগী রাম্নি লিবা) (মথানা মুংশিন্নবা ওয়দা)

মমা : ইমাগী ইবুংঙো ইচা য়াম্না বায়ব্রা ? ইমা খোয়াং ইনগে লাও — — লাও - - - !!

শরৎ : বাবা অহুগা ঐবু মচানি হায়রুনা ভম্পাকথক্তা পম্নগা ইমাগী খোয়াং ইনম্মী। বাবা অহুগা (অমুকন্তু মঙগী বা)।

মমা : ইচাগীদমক্তা ইমা লৈরিবসিদি লাও ইমাগী মদলদা কোম্নকউ ইমা পোগে লাও ।

শরৎ : বাবা ঐবু মচানি হায়রুনা পোয়গা কমুদা ওয়ম্মী অহুগা বাবা মংকাওনরে বাবা — — — ।।

মপা : ( হিক্রা হিক্রা কপ্পা ) ।

শরৎ : বাবা, মঙনা কপ্পীবদি করিগীনো বাবা ?

মপা : বাবা কপ্পা নত্তেদা ইচাগী মঙগী বা তাবদা মকু মঙনি হায়রুনা লোকলিবনি ।

শরৎ : বাবা ঐহাকন্তু ইমাগী মনাক্তা চৎলগে বাবা ! !

মপা : করিনো বাবাগী শরৎ, ইচা চৎপা য়ারোই নহাক বাবাবু হুংশিন্দ্রব্রা, বাবাদি কনাগা লৈহৌগনি ? ( কপ্পা )

শরৎ : বাবা কৌরম্লগা, বাবা — — ইক, ইক, ( শিখিবা ) ! !

মপা : ( কপ্পা ) শরৎ ইপাগী ইবুংঙো শরৎ নঙনা তৌরিবা অসিবু করিনো ইপাদা অমুক্তদি হায়রম্মুনে ; শরৎ, ইচাদি ইপাবু হুংশিন্নবোহু, ইপাবু কনাগা লৈহৌ হায়বনো ইপাগী ইবুংঙো শরৎ - - - - - - ।।

( ভাইহাক বঁলিনা সম্নক সিবা )

মিনা : ( অচা অথক থম্না পুন্থনা লাকপা ) কাকা শরৎপু ভৌরবগে ?

মপা : য়েংঙু মিনা ঐগী ইচা শরৎনা তুমীগ্না তুমহুনা লৈরিবসে ।।

মিনা : শরৎ - - - - - - শরৎ - - - - - - ( কপথিবা ) ।

মপা : ইপাগী ইবুংঙো শরৎ নংনা ইচে মীনা হায়না কৌরম্বদো। মচে মিনা লাক্লে শরৎ - - - ।।

মিনা : শরৎ নঙনা কৌরিবহুবু করিনো ঐনা হংলিবসে অমুক্তা থুম্নকউনে !! শরৎ ( কপ্পা ) নংবু কাওরবরা নোংনা !

(হাঁথিবা বারি নিংশিংবা )

শরৎ : ইচে — — — —

মিনা : শরৎ নং ঐগোম্না ইচে কৌগনু ।

শরৎ : করিগীনো ইচে — — — — ?

মিনা : অমুকন্থ কৌরক্লে !

শরৎ : করিনো — — ?

মিনা : মিং কৌ হায়বনে — — ।।

শরৎ : ঐখোয়গী বাবানা নংনা হল্লি, ইচে কৌ হায়রিনিনে. ।।

মিনা : ঐনা হল্লম্মু মিং কৌ ।।

শরৎ : ঐনা ইচে হায়রবগী মিক্তৌরবদি ঐখোয়গী বাবানা ঐগোম্না কুপদৌরিবা ।।

মিনা : করি কৌবগী কুপদৌরিবা ?

শরৎ : ইথকী অহলদা মিং কৌবা ব্রাদে বাবানা - - - - - -

মিনা : অচৈ রাজবন্স, ঐঙোন্দদি মিং কৌ।

শরৎ : মিং কৌবা ওয়োইনে ।

মিনা : অমগনি মিনা হায়না অমুক্তা কৌরকউনে, ইচে হায়রব্রবদি ঐদি হেক্না খুম্মোইদবা জাংনি

শরৎ : অদুদি মিং কৌরক্লগে ?

মিনা : উম কৌরকউ ।

শরৎ : ( কাপ্পী তৌবা ) ইচে মিনা,

মিনা : ইচে রাওরিবব্রথে ঐদি খুমলোই,

শরৎ : অদুদি খুম্মোক্লো;

মিনা : উম খুধগেনে ,

শরৎ : মিনা — —

মিনা : করি তাকপীগদবা ("মৈবৌর অমি নোকমিন্নব। ) নংনা ঐঙোন্দা মিনা কৌরক্লবনিনা ফুরি চাম্মা শিকপীদগে লাও কমুংদা কাখৎলকউ ( মিনানা শরৎকী লাকলদা ফুরি শিকপা ) অমা, — — অনি, — — অহুম, — — ॥

শরৎ : কয়া শিরকনু নাই ।

মিনা : কয়া শিরকওই, অদুদি ঐ না অকা হায়গে নও য়াগদ্রা ?

শরৎ : য়ানি হায়রুনে ।।

( কিংশিংবা লোইবা, মিনা ক্রিকা হিরা কমা )

শরৎকী মপা : ইবেম্মা মিনা নং অকুপদ্ ইপাগী খম্মোয় পুবা ওমদে ; ইচাগী লাইবকা তমক্রবনি কণ্ডনা কাররক্লোই, ইপাগী মিনা-------- ॥

# " অরোইবা শকক্ "

" হাঙলবা লবুক লমহাংদা "

মপা : (মথক্কা শোঙবা) হে, অচিরুপা নঙবু কয়ৌরিনো ঐনা অসুক য়াম্না য়ু.শিরুম্লিবসিবু, নঙ নত্তনা ঐগী করা লৈতে, লিরি হুম্ক্রবা মালংবা, হায়িবু ঐগী ইচা কদায়দা লৈহৌই, হাংলবা মালংদা নদোম তুমিন পাইখ্রিব হায়িবু নঙশু ঐগুম কায়নরব্রা ? ঐগী থবায় তেলংদা লংলী তত্তুনা পাইথ্রবদা ঐদি কনা য়েংহন্না লৈহৌ হায়বগেনে ? পুন্সি লংলা ওইরিবা হে থবায় লংদানা তংখ্রবদা হক-চাংগা থরায়গা থাইনবা ! থবায় য়াওদ্রবা হকচাংবা তাইবংদা কয়া কুইনা হিংখিগনি !!

মিনা : কাকা .... ... কাকা অঙুদা থবি তৌখিবা ? ঐখোয়গী য়ুমদা চৎসি লাকও কাকা ।

মপা : মিনা নঙ ঐবু খিবা লাখিব্রা ??

মিনা : উম কাকা ..... ... ।

মপা : অদুদি নঙগা হেক হেক লাইরিক তম্বা চৎখিরবম্বা চাকসু হেক হেক চামীনরবা ঐগী ইচা শরৎ কদাকদা লৈ, মাগী লৈকৈ তাকত ইপাগী মীনা ?

মিনা : কাকা শরৎতি ঐখোয়বু থাদোকলমহুনা তাইবংগী বাংমদা চৎখ্রবনি কাকা !!

মপা : অদুদি ঐসু চৎলনি তাইবংগী বাংমদা চৎলগে মিনা নঙ ঐবু বারোম্লিকো ইপাগী ইবেম্মা নঙ য়ুম চৎলো কাকাবু থিয়ুবু ; নখোয় ইমা বাবানা ঐবু হংলগা চৎখ্রে তাই-বংগী বাংমদা হায়য়ুকো মিনা ।

মিনা : কাকা কদায়দনো কাকানা চৎকদৌরিবা




মপা : থংদে মিনা ঙুনা চংকদৌরিবসে খরে , বাখলনা পুবা মকমদনি ।।

মিনা : কাকাগী য়ুমদো অদু য়ুঙবো য়ুমজুনা কৌরি কাকাবু , য়ুমজুগী মতৌ য়েংঙমদেনে কাকা নিংবা কারনা লেপহৌরি য়ুমজুগী অকোয়বদা নাপী শীংবী কয়াবা কনা লৈত্রবা য়ুমদি হায়জুনা য়ুম অদু পুংকুপ কুপশিনগ্রে কাকা .. .... !!

মপা : মিনা ঐনা হৌজিক য়ুমজুগী বাকয়গা করিবু কায়খিনি । হিংবগী আশাদি লৈতনা কয়িগুম্বদা হিংলবসু করিবু থবা হিংখিনি ইপাগী ইবেম্মা মিনা !!

মিনা : কাকা শিগ্রবা মীশিংজুগী ঐখোয়না থন্দুনা হিংলগা করিবু কায়গনি , শিগ্রবা মখোয়না শিগ্রবসু হিংলিবা, ঐখোয়না সমাজগী থক্তনা ঠেশাগীদা থবসে ভোক্রশি কাকা । ঐখোয়না ঐখোয়গীদা খল্লিবসিনা করি কাপ্পা কাকা , মী অমাগী পুন্সিবু লাইনা মাংহনবা হৌনদে কাকা, মীচানা করি ইচানা কশি ; মীগী মচানা করাগা ঐখোয়গীসু য়াইফবা , ইচানা করাগা, মীগীসু য়াইফবা কাকা !!

শরৎ মপা : ইপাগী মিনা ইপা পুংপেন পেমে ইচাগুম্বা ওসিগী সমাজদা করাম লৈরমগনি ; মখোয়গুম্বা কয়া লৈরবদি ওসিগী ভাইবংদা কয়িগী বাকনি . ঐ অমা হিংবদা মী অতৈ য়াম্নবা হৌমদে ঐথক হিংবগী খঙুরবদি করিবু কায়গনি হৌজিক্তী থংলে , ঐ চৎলরোই ইচা শরৎকুম্বা কয়া হিংলি হায়বা ঐ কাওক্রে মিনা নও কাকাবু বারৌম্বকো পুন্সিসে পুন্সিনি থওনুদে মিনা — — — — — — — !

— লোইরবা —